# অপুনবা শক্লোন

ইরমপীবিশি :

পি, কোকঙাং সিংহ

কোংপাল পোরোম্পাৎ রোড

# অনৌবা য়েন্নীং

* কুঞ্জমালা
* মাইনু পেমচা
* য়াইরিপোক থম্বালনু
* য়াইথিং-কোনু

**পিঃ কোকঙাং সিংহ**

কোংপাল, পোরোমপাৎ রোড।

ফোংজবী ঃ

শ্রীমতী খোংবন্তবম বিদ্যালক্ষ্মী দেবী ।




রাজ্য অতোম লৈকায় ।



জানুয়ারী ২০০৮ ইং

মমল লুপা ঃ ৩০/- (কুপ্পা)

হক পুন্নমক অইবগীনি ।

কোপী ১০০০

লাইরিক ফংফম ঃ রাজেস বুক স্টোর
গোর্ভনর রোড ।



নমফম ঃ- প্রটাপ প্রিন্টীং ৱার্ক্স, পাউনা বাজার, গোর্ভনর রোড ।
টাইপ সেটিং ঃ মেলোদি রাংজম ।

# কচ্চবা

লৈখিদ্রবী ইমা ইবেমচা দেবীদা তোল্লবা
নচানা কচ্চরি "অনৌবা য়েন্নীং" সে ।

অইবা

# হায়জবা

ঐগী লাইরিক "অনৌবা য়েন্নিং" হায়না মীংথোনবা পুথোকচরে। বিশেষ জ্ঞানীশিংনা অশোয় অঙাম কয়ামরুম থেংনবীরবসু মুর্খনা ইজবনী খন্দুনা ঙাকপীনবা নোনজরি। মীতৈ ঐখোয়গী লমদমদা থৌনা ফবী চনু কয়া পোকখি। খরনা মরৈবাক মজাতীগী য়াইফনবা খনলি, খরনা পাখঙগী লৌনম লাংথাক মায়রোং য়াই অমদি নুংশিবা হায়বসিদা সমাজগী চৎনরোল কাওরকই। লোইননা ফজখ্রবা নুপীগী সতীত্ববু ঙাকতুনা মরোই মনাওশিংদা ফিদম থম্লনবা হোৎনৈ। অসিগুম্বী মরীংজেল লৈবী মীতৈ নুজাশিংগী জীবন চরিত্র লীবা হায়বা অসি ঐগী অপাম্বনী।

অইবা

## কুঞ্জমালা

কেগে মোইরাং লৈবাকতা কুঞ্জমালা কৌবী লৈরাং 'মা
ফুগাইনা লৈশাং তমলকঙে কেনখিদো খাঙুথক্তা
নোংদম তিন্না চিকতুনা।

মপু মাগী থৌশিলনী লৈরাং লৈশাং শেংনখিবা
নোংদম থিদা নুজাও পুন্সি আয়ু তেনখিবা
কল্লকইদা মৈতৈ নিঙোল।

মতম খরা মপুন্সি মৈতৈ জাত্তা পোকলম্বা
মাগী জাতকী চংনবি শুরা চংলা, নোমল হিং
চংনবীদো ঙাকলমই।

নুমিৎ শিংবুম কয়া'মা কুমজা কুমওল কোঙ্গায়বু
কাওবগী লৈরোল চনখ্রবী নিংশিং ইপাল লাংববু
তাংলৌ লৈরে ব্রারৌনু।

লৈতংগাই লক্কী লৈবাকলৈ নুরা মাগা পান্দমনী
পোকতবী পলেমগী লৈকোন্দা শিংঙেল লৈমন চনখিবী
খল্লুবদা নুংনাংই, মৈতৈ চনু।

পলেম নৌনা কায়নবনা খায়না মৈখু লাংখিদো
য়োকচবী শরৈ খাঙদুনা নাওব্রা লাংওন লেল্লেদো
হৌজিক্লা শারেপ ফারকলে।

মতারোইলকতা তিনজদে হরাও কুম্মে য়াওজদে
পোকতবী মমানা য়ানবা ব্বারা শিন্থা কয়া লৌ
খদাং চীক্লা খাংজৈদো।

চীংজাও নাপোম খায়ন খায় ব্বাই ব্বাই শমলাং ক্কাকতাশা
লোইবী শীংজা লুরেন থক মায়থোং তবা লাংন লাং
খোংকাপ নাহুম তোইজৈদো।

অঙাং নাওব্বা ওইঙৈদৈ ফৌশু চেংশু কুরোন হু
ব্বানা লেল্লী কুঞ্জমালা যৌবন মতম ওইরফাও
নোংমতা কাংদে মীকপখোল।

শজীবু মালং লিরীবা চীংমায় ঙান্না লৈরাংশিং
নুজানা ব্বাবদা ঙমনম্‌ক শান্তি পাওজেল তমলরি
পোকতবী চৈরাক কাওহল্লী।

হাদা পলেম ইমাও নমোম শায়েং কল্লকলে
ঙস্রিদি থৌদাং তাকলরো খোমলাং লমন শিংলগে
নিঙোল পোকপী লাইরবী।

শুরে চৎলে মঙাংলে ফমলে চারে মশেন্নে
থোল্ল চরৈ শেৎলে ঙাং কাল্লে ফুরে কান্দ্রে চৈ
ওৎপা য়ারে মওৎলে।

তূমলে হিংপলে মচৈবী কেরে কেদ্রে মঙাংবী
তৌর তৌরে মহায়বী তৌদ্র তৌদ্রে মচৈবী
পুন্সি হায়দো অসিরা।

মীওইবগী মপোকপু
লৌশিনবীরো ভগবান
অসুক ৱানা থম্বদি
হিংনিংদরে ননাইদি
নংগী চরন্দা তিল্লগে।

হা ইমা অপোকপী
পোত্থাফম খঙদে নোংমতা
পলেম লৈখিদা নুমিৎতৈ
অসুক ৱানা হিংনিংদ্রে
পলেম নাক্তা তিল্লগে।

পুকচেল কনবা কনানো
কনানো মমাবু কপহল্লীবা
প্রেমগী ঈচেলবু থওইদবা
খোঙদা জিঞ্জুর থাংগেরা
কপনা লেনগেরা তাইবংসিদা।

কৈদোম থক্কী শিঙেলশিং
খোয়মু শঙ্গু পাইরিঙৈ
মালং পাওজেল ঙাইরিবী
শাজহৌ নুংশি ৱারী
লৌনম চাওবা খোয়মু পাইরখিনি।

নারক মোংশোং মনুংদা
কংনাইদ্রবা ঈচেল কয়া
তিংখঙ তুম্বৌ মরক্তা
লেপনাইদনা চেল্লিবা
হাইদোকউ মোংশোং থিয়ু।

থবা মমৈ ৱাইরবা
অমম অঙাল শিন্নরমদাই
তাংলৌ ইচিক হুল্লবা
খঙহৌদনা শুক শুনা মমলিবা
কৈদনো শান্তি জীবন।

নোংমগী কোরৌ নুমিৎনি
য়োকচবী পলেম য়াথংনা
মনিং য়েনবা য়াহৌ'মাং
লোইবী চীংদা থারকপা
পাম্বা ঙাওরা মতমদা।

মালা লাংওন ইখম্‌উ তাংলৌ মানা ময়ৌরক
নুরায় ৱাবা মকোকউ খোইয়ুম মানা মতম্মক
নুরানা খোংদোয় হুনবনি।

মংলান ৱাখল তৌন তৌ চিংন চিংন চীংদ-চৎ
শুরি খুৎতা পায়দুনা নুঙায় ৱাখল থম্মোয় ফাও
চৎলি মিৎপু ঈশিং শিং।

মপাং কনা য়াওদনা লোইবী চীংখোং চীংয়াতম
অসুম থোকউ তমখিবা ঙংল পাম্বা থেংনরে
তন্না ৱাখল লৈখায় তাই।

মৈতৈ নিঙোল হৌনবা খুৎলাই থাদে মখুত্তা
পাঙ্গল হনদে কিদুনা লৈর শক্তি পুথোকপা
মৈতৈ চনু নীতিনি।

গুরু খিবীক্কী অথোইবা ঐবু পোকপা পান্থৌসু
পাপ চেল্লবী মালানা খাম্বী থারে নিংগনু
নচাবু ঙাকপীয়ু পন্থৌ।

পুন্সি যৌবন অয়ুক্তা নুজাগী শিন্থা খুদিংদা
তেংবাংবীবা নুংশিবা থোইবা কৌবা নহাক্লা
ৱারৌগনু নশানৌবু।

চিক্লা ৱারী শারমদ্রে নুংশি বিদায় তৌরমদ্রে
শামান্নবী ইতাশিংদা নুংশি খোয়নৌ হংলুনু
কনাসু পাওখুম পীরকওই।

তৌরাং থক্তা অয়ো নাহেরীবা খাংপোকশংগী ভিক্ষারী
পোকতা শরেগী ফাংল ব্রাখল মীনাই ফমদা নুংশুকনরীবা
ফংই ব্রাখল প্রেমগী চৈথেং।

সাধু সন্ন্যাসী দেশকী জব্বান নেতা পণ্ডিত কৈশুমশং বন্দী
লৈমা কোন্দা তরাগী মথেল ফংলিবা এতোম হায়দ্রোজেন মৈখুলক্তা
নুংশি ঈচেল লেপতরী।

পুন্সিগী অরোইবা তাঞ্জানী কোরৌ নুমিৎ তারেদো
বিদায়গী অরোইবা খোঞ্জেলসে তাইবং কনাদসু তমলমদ্রে
পাম্বা খয়াত্তা তারেদো।

পাত্তা পোম্বী চেক্লানা শঙ্গু শঙ্গু পাইবদো
লমজাও মালং অইংবী ঐবু 'ব্রাবদা ইংহনবীদো
নখোয়তনা ঐগী ব্রারী খঙবনি।

চীংজাও নাপোম শীংজা 'খোঙ পাৎকী শিল্লু এলাং বেঙ্গোইখোঙ
মরুপ কোঙ্গাই ঙাইররোই চেংহী শম্বাল লাংলরোই
তমগী পোম্বী পাইখরে।

মপু মাগী খুয়াদা লৈরাং খুজোক কৎত্রিঙৈ
নোংদম থিদা ভগবান থৌজালবীদে নুংনাংই
শিঙেল লৈপুন্নদ্রিবি লৈরাংদো।

মঙলানচাগী তাইবংসে থাওমৈ অমা ঙাল্লিসে
কল্লক চাওবা ময়াসে য়েংথিনবা কোঙ্গায়সে
শিরগা লোইনা নুংশিনৈ।

খোমদোন মমা অয়োকপী
নুজাগী তিংখঙ ওইবীসে
পুত্রি প্রেমবু ফাওরক্লে
থৌজাল লাইজ খিল্লক্লে
মীৎকী পিনা নোং চুরে।

তোবর্বুং লমজাও মীয়াম্না
কৈবন তন্না শাখরে
থোইবা য়াৱা চীংগোয়দা
'ঙম্বা পুম্বা ৱাতানা
থম্মোয় কায়না শিন্থারি।

ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দা
নাইতোম লৈরাং পোমলম্বী
পুক্লিং য়াৱা ফুম্বংনা
ঙসি ফাওবা লৈরম্বী
ঐগী কুঞ্জমালানি।

তাংলৌ চাদা ফোংদোক্তা
থম্মোয় থম্মোয় লৈশাংতম
চিনবান থক-খা চিংখিবা
নুরা নহাকথক্কীনি
নুজা নশরুক্কীনি।

মীৎন্না থম্বাল চান্নখি
শিন্থা শিন্থা তেংবাংনৈ
ৱাখল নোঙাল্লকপদা
কদায় কুঞ্জমালাদি
চেংলৌ মাগী উদরে।

লোইবী চীংয়া শীংজাখোং
লামল নবুক থবৎ তৎ
পলেম শাবী চৈরাক কী
নশিল নত্ত নশিলশা
শীংজা কোকথোং চনখিবী।

অদুঙৈগী মতমদা
নুজা অমা থেংনখি
থোইবা নংগুম ঐহাকসু
নিঙলা ৱাখল ফোংখিদে
ৱানা লেনখি মহাকথক।

থোইবা নংদি লাইবক ফৈ নশানৌ শিঙ্গা তেংবাংখি
ফোংঙমদ্রবসু চিনবান্না নুংশি থৌদাং পাংথোকখি
চান্ন' লমন শিঙমখি।

লাইবক থিবা ঐহাক্তী মপোক মহৈ য়ানদরে
নুংশি লমনসু শিংখিদে চীঙ্গোই য়াৱাসু পাওমেনখিদে
নুংশি মশকতবু খঙলুবনি।

মপানা (মালাগী ৱাখলদা ঙাওরদুনা মতম্বাকথক্তা অশিবা মচা কোন্দুনা)

লমজাও মালং ইপোমলাং কোরৌ চীংয়া খেঞ্জোংলাং
খোয়রেনতাক্নী লময়াইদা ইমোম লৈপুন্নরেদো
থোইবা ইয়া শক্লেদো।

নয়ন নোংইল মীংস্নানি থম্লাল লকা মায়থোংনি
বাই ৱাই শম্লাং নিংদুনি তবা তাবা চীনবান্নি
কাওঙমদ্রবা শকওংনি।

মরু লুকপদা তরুগুম্বী খাঙবা কনবদা চীংজাওনি
উজাওগুম্না থৌজালহৈ তাম্নাগুম্বা খোম্থাংনি
মোমোন নোকপা মায়থোংনি।

পুন্সিনা ময়োল চোংলকপদৈ পলেম ফৈরাদা চাওদ্রবী
মোনু লমদম তামলোকো কুঞ্জমালা শান্তি ওইরো
পম্থৌদি কম্নীথক্তা লৈহৌরে।

খুঙ্গংগী লৈরাং তনৌবী মোংশোংলক্নী চিনিচম্প্রা
লৈমকোন্দ য়ৌদ্রিঙৈ মানজ নাপদা থেংত্রিঙৈ
লৈখোক লোয়রবোই খাঙ্গুথক্তা।

কম্বী থকতা লেমলৈ হাপ খাম্বী মৈবু য়াংশিনলম

কনাগী মায়থোং য়েংলগা মালেমসিদা লৈহৌনি

ইপাসু নতুং ইল্লগে।

খম্বা নোংবান অনিগী থোইবী ব্রাথোক লোইবকাল

তিমেন চাংয়েং য়েংলনি মালা নংনা লৈখায়তা

মোইরাং ব্রারেপনরেদো। ❑

# মাইনু পেমচা

পম্পৌ নৌনা কায়নবী লুখ্রা পলেমনা নাওয়োকপী
থাবুম থাজ থানিলনী ব্রাশক চেৎপী সতীনী।
লমজাও উজাও কনাসু তেংবাংনিংদে সতীগী
ব্রাখল মোংশাং মরক্তা পোম্বী নাইতোম কাইদোংবী
লাইর খাংপোক শেগাইনুং পলেম লুখ্রানা চানজবী
বরা চাওবা অজ্ঞাগা চান্না মরুপ ওইরিবী ।
শেগা মাইগা পাওথানা, লৈপুলনসি ব্রাশকনৈ
সমাজ রুহি অকনবা নুংশিবদা চৎনদে ।
সমাজ পনবু লানদুনা বরা চাওবা চংলেদো
দেহ অমতা ওইদুনা অনিংবদা তমজৈদো ।
লমদা থাগী শিরমদাই শিব-দর্শন নুমিৎনি
নুরা পাখণ্ড অনিনা শিব-দর্শন পাংলকলি ।
নুরানা খণ্ডদ লমদমদো পাখণ্ড মানা তাকপীরি
তুং-মাং য়েংদুনা শাবী-শানৌ খুমাং তোইরকলি।
-মাংদ উরি লমদমসে করি লমনো তাকপীয়ু
অপণ্ডবীদি ঐঙোন্দা মথং মথং হায়বীয়ু ।
’সুম্না অমুক চৎচদে লমদম অমা খণ্ডজদে
লুখ্রা নাওয়োক ওইবনা খোংকাপ অমা চৎহনদে ।

কৈচিল পৌরোল লোল্লিবা শাংথা লেংথা তারিবা
পোরোমপাৎনি অসিনা কোংবা ইরেলনি মাংগীনা।
ইরিল তুরেল লাল্লদি য়ারল পাৎনি উরিবা
চোঙ্গাং নাপোম লোনবসি হুপনা নাতে থিরীবা ।
চেক্লা শঙ্গু শঙ্গুনা পাৎয়াইসিদা চাক্তারী
কোরৌ মশেক তারমদাই উরোক শঙ্গু পাইবনি ।
চিঙনুং চাদি কোঙ্গাইনা মনিংতম্না শান্নরৈ
ইপান থাগী পুন্সিদা লাইজা ঈমায় চোনবনে।
থম্না, থাংজিৎ থরোসু মায়থোং মকা লামজৈদো
শাবী শানৌ কয়ানা থরো থমচেৎ চারৈদো ।
নুরা ইনেম মচাও লমফেল পাত্তা পোকচবি
কোম্বীরৈ কৌবী লৈরাংসি পান্দোং চার লিংলমসি ।
অশৈবনা খোজৈর্জ খোৎনবা ইতিহাস লামায় কাংলমসি
পাক্লবা ব্রাখল লমপাক্তা পিরাং শিম্থু কপহনসি।
কোরৌ নুমিৎ চাইরকলে খুমাং তোয়য়ু কোম্বীরৈ
তাংলৌ লৈনা থেঙলগা নুরা চোকথরকপনে ।
চীঙ্গোই স্নান লোইরদুনা লোইবী নাপোম লানখরে
শিব-দর্শন তৌখরে পুন্সি লৈপুন নিখরে ।

☆☆☆☆☆

অঙাং নাওব্রা ওইরিঙৈ চেগায়না পৈশা শারিঙৈ
নাপদা কুমলং চিল্লিঙৈ ফনেক খোইদোম শেৎলিঙৈ,
লাপনিংলমদে পলেম নাক্তে খরাই থোঙ্গাল লান্নিংদে
শাবীনা মথোক কারকঙৈ মীরম্না ইরম ওইনিংবনে ।
শাবী-শানৌ তাংলৌদা প্রেমগী দর্শন ফংলগা
থওইরকতে কায়নথং, তাল্লিবদু ফংলগা।
অফং অফং লৈকাদা লৈরাং লৈহী থিবদি
খোইমুশিংগী লমচৎনী অনৌবা লৈকা য়েংবদি ।
থাজগনবী নুরানি নুংশি লিশাং থ্যাগলবী
মাঙগী তুংগী খল্লুদে অমাং অতোং থিদবী ।
কোরৌ মশীং য়ামলকলে কুমলাং কুমশীং ফাদৌরে
পাখঙ মাদি লৌনম চাওবা খোংকাপ নাহুম তমলদ্রে ।
লাইবক থিবী কোম্বীরৈ অব্রাবা ঈপাক্তা তারকলে
নুংশি পোৎলুম পুদুনা মৃতু ঈহুল পিরমলে ।
চীংনুং চাদি নোংইলনা পাইশি হায়রা পাইঙমদা
তুফাং শেৎন নোংমদোন থক পুন্সি লাংওন ঙাইজবা ।
ৱাশক চেৎপী পেমচানি নিংবগা পাঙবগা মান্নবা
লমলান মিৎয়েং চঙদ্রবী সতীনিদো পেদৎনবী পেমচা ।
থাজ ইহুল পীরমলগা কদায়বোরা চাওবা অজ্ঞানা
অঙম্বা সঙ্গ মরক্তা কোরৌ নুমিৎকুম ঙাল্লিবা ।
নোংমতা কাংদে মীকপখোল লাইরা হৈরাং পেমচাদো

মিকুপ পুংজা কয়ানা থাবুম কয়া লানখ্রেদো ।
মতম কুইনগী মতুংদা বোরা চাওবা অজ্ঞা লেংলকলে
নিংথৌনা চান্না তৌরীবা অঙম্বা মীঙ্গৌনরবসে ।
তানজা ফংলে নুজানা নুংশি ব্রাকৎনবগী
অরেপ্পা অমা হায়বীরো ঙসি খোংলোই ওইরসী ।
লৈকাই থুংনা পনলাল্লে মনমনা শরা শনখরে
মতিক চাদে খলহৌদে অপাম্বনা লাংবু থাকখরে ।
নুংশি নংবু কাওবরা অজ্ঞা মতম লৈতরে
মমাংঙৈগুম চানবীয়ু ঐদি চেনবা য়াদরে ।
মতিক চাদে খঙজৈদো মমীংতদি ওইহনবীয়ু
তুংগী মাংগী য়েংদুনা অজ্ঞা ব্রা্খল তৌবীয়ু ।
নংগী চরন শেংজগে নখুয়াদা চংজগে
লেপখ্রে ঐগী থম্মোয়না নংনা ঐগী নৌরেলনে ।
য়াইবী মাঙবা কিজদে সতী ধর্ম্ম ঙাকপদা
য়ারে পুবিরো, য়াদ্রে চৎলনি হায়রি থব্রায়না ।
কর ব্রানো শীঙেলও লৈরাংনা নপাল ফরিঙৈ
খোইমু শঙ্গু পায়রনী লৈনম চাওবী কোম্বীরৈ ।
খোইমু শাগল মুনখরে লেংবা কৌবা য়াদরে
অঙম্বা ফৈদোম পায়কররে নিংথৌ কোন্দা তোংলুরে ।
পাইবা ঙমদে ইশাশে ইপাং খোইমুনা থিংখরে
য়াদ মতাং থোকপননি শানৌ চিন্তা তৌরনুনে ।

তাইবং পুন্সি ঈপাক্তা ইদোম তরক লমথাবা
চাংজৌ লাম্বা ফংদরে পিগী নোংলিক অকনবা।
পুন্সি হিসি লুপতৌরে ঈরাক্লুরে ঈয়ায়দা
ঈয়ায়দবু লুপখ্রবসু খোইমু নিংবা থুংহৌরো।
ঐগী নৌরেল হিনাওনা চাংজৌ য়ায়দা মাংখ্রবসু
ইরাইবককিনী ইবুঙো পুন্সি হিসি লুপখ্রসনু।
তনিকলবা থাংমৈসে থৱায় আত্ম ঐহাক্কী
অজ্ঞা ননিং থুংহৌরো পামুদরে ননাইদি।
করি ৱানো চান্নবী মশা পানবা খোইমুদা
কায়দোংফম হোংলোই খল্লুবা নুরা ৱাখল থেল্লীনা।
লৈহী থন্না থকলগা কাইদোংফম হোংবা নিয়মনীনা
লমফেল পাংকী কোন্বীরৈ ঈথৌ কোঙ্গাই শিংতুনা
চীংলোন লান্না থারুগে নুরা নপাও তমলুগে
লাইবক থিবা অশৈবনা পৃথী থংনা শল্লুগে।
কায়ন পুন্সিগী তাংলৌ'মা নিংশিংলকই হৌখিবা
লাইবক থিবী পেমচা মীওইবগী শিন্থানী কায়নবনা।
ফরে অদু মঙাইরে নিংখ্রবা শরি থুংবনা
মীওইপোক্কী নীতিনি ঐগী লমচৎ হোংলরোই।
খোয়জী খাগী লৈরাংসে লৈরাং মালী খঙহন্নিংবনা
খাংপোকশঙদা লৈবনী ঐনা ৱাখল তুজুংনা।
ওক্তবী ঐবু থাকপদা মীৱা মীশা খাঙলবী

হনু মল্লেনরবী কমলাক কুরু তারবী ।
মাগীদমক খনবদা পীগী ইরা কংদরী
মাসু ঐগী খনবদা মীৎলু পিরাং কংদরী ।
নুপী ওইবগী মপোকসে তোল্লি তোল্লি জগৎতা
পোকচনিংদে অনীরক থংন জন্ম অমদা ।
ইমা নংসু লৈহৌরো খাম্বী থারে নীংনুকো
তুংথ মাংথ চৎপনী ঐনা মাংবু থারেকো ।
ফজদেদ অজ্ঞাও করি মতৌ কৌবনো
ঙমই খন্না তৌবরা কনা লৈতে নিংদুনা ।
তোল্লবীগী খুৎলাইদি অতৈ করি লৈজদে
ফরে ফরে লৈহৌরো অঙম্বা লক্তা তিলহৌরো ।
মিংচৎকী থাংমৈ থাঙ্গৎলু তাইবংদা নমিং শন্দোকসে
মুৎলমদাইগী থাংমৈদি মালেমদা মঙাল হেনবনে ।
মীওইপোক্কী পুন্সিদি ইজ্জৎনা লৈতেং ওইরগা
ঐগী ইজ্জৎ মাংখ্রগা হিংদুনা কৈদৌনি জগৎতা ।
ঐগী ওইবা দেবতানা চানবীদ্রবদা জগৎসে
লোইরে নুপী পুন্সিদি ইমা ইপা কান্নদে ।



তাংলৌ থেংলা অহিংদা তাইবং বিদায় নুমিৎতা
পলেম ফমুং তরেৎলক কাইনরমদাই পাওমেনবা ।

খোইনৌনা বিদায় লৌরমদাই তনিক্লবা খোঞ্জেলনা
ওক্তবী প্রাইচিং ফংলগে লৈহৌরোকো লাইরবী পলেম ।
পতীগী য়াথং কায়দনা লৈরুরগে তাইবং ব্রাংমদা
পলেমদা ওৎলমই খনগনু মৈচাক হাপলমই হায়দুনা ।
য়াদ মতাং থোকপনা পলেম তুংওই চৎপনে
লৈত লাইর ব্রাখলদা নুংনাংদুনা চৎপা নৎচদে ।
বোরা চাওবা অঙম্বা নিংথৌ কোন্দা কায়দোংবা
নংদি নুপা ওইবনা ঐগী ব্রাবা খঙদ্রেনা ।
লৈহৌরোকো অজ্ঞা, অজ্ঞা নানিং খুংহৌরো
তারিব্রা অঙম্বা ওক্তবীনা নংগী খরায়দা ।
নংগীনি খঙহনগে মতাগুম ঐনা সিদা লাকপা
ব্রারৌবীগনু ইবুংঙো তৌরিবনি তৌফম থোকপা ।
মাঙগী তলা হেনৌদা কারোং অহুম ফাংবদা
ঐনা পোত্থাজগেকো ইনুং তৈরা য়েংলো লাও ।
লৈবাক পুঙজাও থিন্দুনা নশাবীনি তাকউকো
চীংয়া তময়া পুম্বদা কোয়না পাউজেল চৎলুকো ।
হাদ মাইনু পেমচাও য়েলহৌ ঙনবী ইতারোই
সমাজ রুহি অকনবা নিঙোল প্রেম্না কল্লি তাকলিবোই ।
লাইবক থিবা ঐহাক্না নুরা নংগীদমক্তা
অহিং কয়া কপ্পা নুংথিল কয়া কৌজবা,
নুরা নংদি তাররোই ঐগী ইপাও খুমলরোই

চীংনুং মাননুং অনীনা নংগী তেংবাং ওইরবোই ।
কায়ন চাংজৌ ঈপাক্তা হিক্লা তেংথা লেনখিবা
হা ! লৈকং থম্বাল তমগী খোইম্নু খোইরেন্না,
নুংশি লৈহী চুপলরোই নুংশি লৈহী চুপলরোই
পেমচাগী খরায় থোঙান্দা পাখঙনা চেপ্লপ য়েংলরোই ।
ব্রাশগী ফৈরা মথক্তা নোংইল লাবা অমোম্না
নোংদোন থাজ য়েংলরোই পেমচাগী মপাও তাদ্রবদা ।
ইনুং তৈনা ঙাল্লগা ক্বাক্কী লানবাও মাং
বোরা চাওবা অঙম্বা তন্না তলা নাকপু চং ।
তৌরিবদো উরুরে মঙগী থৌদোক নিংশিংই
মঙগুম হাগুম তাখিবা পেমচাগী য়াবা মাল্লকই ।
নুংশি চৈনা য়ৈররে ইকাই হঙোই তুজুংই
নিংথৌ কোনগী ব্রাখলদা খঙদে উদে হায়নিংই ।
অরাবা খাম্বী মৈথক্তা চরৈ ফিবু কুপ্পনা
মতম কুইদে খঙদরা প্রমান নত্তে কাওবরা ।
পাঙ্গল শোনবী থম্মোয়না নিঙবা পাওবা ঙমদ্রগা
মখোয় মপোক নিয়মনি মিংলুদা পিরাং শিন্থবা ।
মৈতৈ লমগী চেক্লা'মা সমাজ রুহি কিবদগী
তাইবং ঈপাক লানখরে তমগী পোম্বী খোন্নৌবী ।
তাইবং থম্মোয় খুদিংদা মৈতৈ নুজা পুম্বনা
পেমচা পুন্সি মওংসে নুরা খুদিং তমহৌরো ।

ইনুং তৈনা ঙাল্লগা লৈবাক চোন্না তিনবদা
তাঙজ ফিরুক খুমখিদো বোরা চাওবা শাগৈ পুম্বনা ।
তাদ মীসু তারকলে থংন থংন পাউদম্বা
চীংয়া তময়া খুদিংগী নুরা পাখঙ শোন্নবা ।
ঙমই ঙমই অথৌবা নিংথৌ কোন্দা চাক্তাবা
মিংচৎ পাম্বা জগৎতা নংসু মিংচৎ তাল্লিবরা।
খুনজা পুন্বা তিন্নরে শেগা মাইগা তান্নরে
করি তৌসিগে ঙাংনরে 'দুগা 'দাগা হায়নরে ।
ব্রাসে কোনুং য়ৌখরে নিংথেমগী নাপদা তমখরে
বোরা চাওবা অঙম্বা লৈবাক ব্রায়েল ফংখরে ।
নিংথৌ কোন্দা লৈঙমদ্রে মরুপ লক্তা তিল্লদ্রে
চারে থক্লে ফুম্বংলে শুরে চৎলে শিনবাংদ্রে ।
লাঙ্গোল চীংগী চীংলক্তা-নুরানা য়াহিপ তাল্লিবা
বোরা তন্না চেনখরে পেমচা কৈদা লৈরিবা ।
লৌনম চাওবা খোইমু পাইররে
শিঙেল নংবু মীপাইবরা নশাবী বোরা লাকলে ।
সতীগী গুণনা কনবনা শাহিং কল্লব চীংনুংসে
মৌন ব্রত তৌখরে পেমচাগী অব্রাবা ফোংদোকলে ।
(লৈবাক খোৎতুনা পেমচা থিবা)
ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দা লৈরাং নাইতোম শাৎলম্বী
পেমচা লৈরাং লাকখোনে বোরাই চাইগোলদা শাৎখিসী।

ঐনা লানখি পুম্নমক নুরা 'মুক্তা ঙাকপিখো
তেরা মোম্পাক মথক্তা পেমচা নংবু য়াতারখো ।
প্রান ত্যাগ তৌরবা দেহ পোলাং চেৎন কোন
পেমচাগী লমন শিংলকই মিৎলু নাপোম পিরাং শিন ।
থৌদু পাংখক থম্মোয়দা মিৎকী পিনা নোংচুরে
যমরাজগী মখুৎতগী মাইনু তন্না মুন্নিংলে ।
নুরা পেমচা নহাক্না পুন্সি তুমখুল তাল্লিবা
কোলোয় মিংলেন থোনলমগে চিকল লোকনুং নুংশিবা ।
"পেম্মরোক" মিংগৌনা মতম খুদিং লৈহৌরো
তাইবং মীপুম খুদিংনা তাদবসু তাহৌরো ।
নুংশি মশুং লাংগীদমক সতীব্রত তৌখিবা
মৈতৈ মাইনু পেমচানা লেংদ খুদম থনম্বা ।
নিঙোল পুন্সি লোইদনা পাখণ্ড নমথাক মায়রোংযা
মরোই মনাও কোঙ্গাইগী মৈতৈগী ফিদম থনম্বা ।
চৎলো চৎলো মাইনুবী পুন্সি বিদায় তৌরসি
মায়া তাইবং ঈপাকতৈ পেমচা নংসু চৎলোকো । ☐

## য়াইরিপোক থম্বালনু

লৈশাংখোং থিঙেল নিঙখাইরে যুম কয়া তেকনরে
অৱাবা খোঞ্জেলনা নিল্লকলে লৈবাক মপু য়ৌখরে
অৱা' খোঞ্জেলনা তেংথারে।

লাইজ-নুংগী লৈরাংগা নুরায় মীংলেন পাংখক ওই
কোলোয় মমৈ 'নু' না চম কুমারী অমা থিরগা
ৱাংব্রেন খ'ন চাওবদা কৎলু।

পেব্যা পণ্ডিতনা ফাওরকলে লৈবাক প্রজা ৱানরে
মহৈ মহৈ পাখৎনরকলে অঙম অথৌনা থিনরকলে
কুমারী অদো ফংদরে।

গম্ভীরসিংহ ইহাকথক করি পাপপু চেনবনা
অসুক খুদোং থিরিবা ঐহাক অমুক পান্নিংদ্রে
অৱাবা অসি উদুনা।

লাইবক থিরবী নুজাবু করম্বা অঙম্বশিংনা ফারক্কুনা
মতৌ করম্নবু য়েংদুনা ইরাৎ পুজা তৌসিবা
করম্বা মমা মপান থারক্কবা।

ইচা চন্দ্রকীর্ত্তিনা করম্বা মীগী মচানা কনানো
চীংনুংকোনগী শিঙেলগা লৈমা কোনগী লৈরাংগা
লৈনম করি খেৎনবা।

থম্মোয় শোকপা ব্রাহৈনা মায়গৈ পুন্বা থিবদা
নুজা কনা ফংদ্রবদা পানা অহুম য়ৌরবদা
শেল্লুংবদা থৌদাং পিরকলে।

লৌনম চাওবা শেল্লুংবা থম্বাল তাল্লোয় ওইয়ু হায়রুবদা
নুরা মানা য়াদ্রবদা অব্বাবা পিগে তেমশিংবা
খোয়ুম্না তমই নিংখরে।

হন্না অমুক হায়রুরে য়াবা কৌবা লৈতরে
নথ্বায় ঐনা কনবীগে ঐনা হায়বা ইল্লুনে
নুজা নোংদম্বীগেনে।

লৈবাক প্রজাগীদমক্তা নুরা ঐ'মা মাঙববু
লোক্তাক্কী থরোই'মা মাংগুম্বনী শিদ পামেল থারম্বনী
মতমগী কলম থাহৌনবনী।

থম্বালনু থম্বালনু য়াইরিপোক্কী থম্বালনু
পিদোন্নবী নুজাও লুপ্রা পলেম, নৌপ্পাবু
অমুক নিংশিংলমদ্রবোই।

লৈবাক প্রজা নুঙাইনবা নংদি ব্রাংব্রেন খান চাওবৈ
মশাইকোন্দা চৎনিংবোই লাইজনুংদ য়ৌনিংবোই
শেল্লুংবগী থৌশিন্না নশাবী মুহন কাউরবোই।

অব্বাবগী লমদমসে নুঙাইবা নংনা পামলীবা
চীংদা শাৎপী ইঙেল্লেগুম নুজা পুন্সি তেনখিবা
খল্লুবদা নুংনাংই, থম্মোয় ঐনা তেংথাজে।

ক্বারোক মহাদেবদা নুংশি পরে নিখিবা
রথ যাত্রা নুমিৎ নিংশিংখো নংনা করি হায়খিবা
পুন্নমক কাউদুনা করি লমদম পাংলিবা।

ইতাশা চৎচরগে মতম খরা হানজরমলগে
ঐগীদমক্তা মতম্না পুরকলে নুংঙাইয়ু হায়না তমলরে
মিংচৎনা খোঙদোই হুল্লকলে।

নখোয়না ইমা মাবু কাওবীনু নতা ঐনা হায়জরী
লমন খুমলক্কনু তাকপীয়ু ইশানৌনা হংলবদি
বিদায় হায়রম্মী পাওমেলবীয়ু।

শাবীগী মানজা পাম্মুবা ঐগী থংলেন নুংশিবা
নুংশি কাদা য়ৌদরে পাম্মু নাক্তা থুংদরে
নুংশি সেবা ফংদরে।

হয়েংমুকী মপোক্তা থংলেন সেবা ফংজগে
লাইবক থিবী নচলনা নখুয়াদা চংজগে
লাপনা বিদায় নিজরি।

মীনোক চাওবা সমাজদা পাম্মু পম্লুং ফংদ্রেদো
অরোয়বা পুন্সি মিৎকুপফাও শাবী নংগী ব্রাখলদা
মীৎকী পিনা তাকচরি।

চীংদা শাৎপী ইঙেম্লে মেম্লে লৈম্না নোংজুমপাল
চীঙনুংকোন্দা শাৎপীনি নুজা মাগা পাংখকনি
লৈমা কোন্দগী হৌরক্তে।

নুরা নংবু থম্বালনু তাইবং মালেম হায়বসে
য়েক্লা কোঙ্গাই য়াম্বনে অতোনববু তোন্না খনবনে
মীওই কোঙ্গাই য়াওবনে।

"হে ইরৈবাকক্কী হৈরাং লৈরাংশা পালহৌখো, শাংহৌখো
লাইবকথিবী থম্বাল ঐদি নখোয়লক্তগী চংলগেকো
নিংথৌ য়াথং ইল্লুখিগে।

নখোয়সু অদু মঙাইদো মনুং মতম চাদ্রিঙৈ
তমথিরবা মীওই লাক্কুনা হেকলখিগনি থুদেক্লগনি লৈশা
ঐগা নখোয়গা পাংখকনি।

ঐদি মাগী মনাইনি মনাই ওইবা ঐহাক্তি
মপুগী য়াথং ইনগনি তাইবং থৌদাং পাংথোক্কনি
পুন্সি থাউমৈ মুত্রিফাওবা।

হে ! মৈতৈ লমগী মালংবা নংনা চীংলোন লাল্লবদি
পুবীয়ুকো লৈনমসে অখন্নবা লৈরাংশিংগী
মৈতৈ লৈকোন্দা শাংলিবী। □

## য়াইথিং কোনু

খুয়োল চায়গোল লমনুংশি লৈরাং অনী শাৎলম্মী
লৈরাংনা লৈকা ফল্লকপা মপুগী নাকতা কৎলনী,
হৌজিকতা মোমোন নোকলম্বী করিগী লৈচা শেৎনরী
খায়বুং খায়বুং তাখরি মালংনা তাম্না হুমখরী।
নিংথৌ মাগী লৈকোন্দা 'ওম্বা ফৈদোম পায়রম্বা
খুম্থৌ লেম্বা লেম্বী 'নীগী হৈরাংনিদো মাঙফদ্রবা
মচাগী কুম্মে য়েংদ্রিবঁ খমনুং শন্না তানখিদো
থাংজিং সেবা লোইদ্রিবঁ মপুই নাক্তা লৈখিদো।
পীক্লা উলেন নংলবী লৈরাং, লৈশাৎ তমলি খাঙপোকনুংদা
পীকলা মৌপ্পা থাকনবা লৈকাই ফৌশু লংইদো মানা,
মতারোইলক্তা তিল্লুদে নোংমা, কুমওন কুম্মে য়াওখিদে মানা
চেংহি শম্বাল তোইনা লাংদে, ফার শমলাং খোমগৎলি মানা।
যৌবন মতম ওইরবা মানা, পলেম নত্তা পলেম শাই
পীকল মৌপ্পা চাওনবা য়োক, মশিল নত্তা মশিল শাই।
অয়ুক চাকলেম নুমিদাং তম, তানজা ফংদা নোংলেন য়াও
লাইর খাঙপোক শেগায়নুং, নোংজু নুংশা খাঙবা য়াও।
ব্রানা য়োকখি মহাকথক হরাও মীনোক কাওখিদো
সমাজ মীনোক নাকোয়না মৌপ্পা চাওনবা খাঙখিদো।

☆☆☆☆☆

নিংথৌ কোনগী লৈরাংগা চীংনুং কোনগী শিঙেলগা
লৈনম করি খেৎনবা মপুই চরণ কৎপদা।
থুমখোং পেরে ইহুন তম মপু মানা খঙখিবা
লমজা অমা কৎলগা লৈবাক য়াইফ পান্নবা,
শরিক চোমজাও পায়রিবী মাইবী মাগী লাইফাওদা
লৈবাক শিন্না ৱাখিদো লমজা মাবু থিবদা ।
পারী পোকপা মশেলনী লমজা কৌবনা কনানো
ইথানুংগী ইচাদি লমজা নত্তে মহাকতো
নিংথৌ ওইবা অসিরা নুঙাই য়াইফে হায়নবা
কনাবুনা লমজানো কনানা অঙম অথৌ ওইরিবা ।
মীগী ৱাবা য়েংদনা ঙমই খন্না শিন্থাবা
লাইনা য়ানবা চৎসিরা প্রজা মন্না লৌসিরা ।
শকখ্রবা ৱাশক কাওগনি করম শিংথ্রবা তিল হনজীলনী করম
ইচা ধারা ফংনীংবা ঐনা মীগী ৱাবসু উরোই করম।
মপা মফম খঙদনা নুজা মানা পোকলবা
মাবু লমজা কৌগদ্রা লাইবক থিবা কৌরোইদ্রা!
পলেম পন্থৌ নৌনা কায়নবা পারী মমোম শিংদুবো
লমজা হায়া৯ কৌগদ্রা চংজফম লৈত্রবা মহাকতো ।
পলেম পন্থৌ শুনা নাওকোম্বা লৈতা লাইরবনা শিনবাংদ্রবা
পারী মমোমশিংদুবো লমজা মচানিবু হায়গদ্রা!

মখোয়না হয়েং চাওরগা অঙম্বা ফৈদোম পায়রবা
অদুম লমজা কৌখিদ্রা মাবু ব্যবহার তৌরোইদ্রা
পলেম পষ্ণৌ ব্রাৎলবা অঙম্বা কোন্দা য়োকলবা
শায়দাংলবা মহাকতী ঐখোয়না করি কৌসিবা !
কেগে থাঙ্গরাকপা অঙম্বা পষ্ণৌ হাকতক য়েংথিবা
তাঞ্জা মাতা ঙাইহিবা লৌনম চাওবা হনুবা,
লমজা লৈরে তাক্‌লকলে নুমিৎ শিংবুম মঙানি 'নুং
লাইর লমজা পীগনি ব্রাশকলেদো নিংথৌমাং ।
তাংলৌ মতম চান্দ্রবা খোমদোন শেল্লুং তন্নলাক
লাইরকোন্দা থুংলরে ব্রাহৈসিবু তমলরে লোন্নলাক।
চাবা মপুক থনদ্রবা লাইর মচিন মৌপ্পাদো
নোংগুম খোংনা কপখরে ব্রাহৈশিবু তাবদা।
বজ্র কোতী কয়ানা মকোক থকতা তারকলে
খায়নরনি খনবদা মচেম লৈমায় তুরকলে ।
তাংলৌনদি য়ারকতা লাম্মেনদি চাকশিল্লক
শিংনাং নাতে কাংলকলে মনিং লৈপন লানখরে।
লোকতাক খোঙবান তাদুনা মরুপ মচেম কায়নরে
খুয়োন ঙৌবি মশোয়বুং হাওবা লোৎপা চৎখরে ।
থাঙ্গরাকপা অঙম্বা নিংথৌ কোন্দা চাকতাবা
খুয়োন খাংপোক থাদুনা হাওবা থিবা হোৎনবা,
লমজা মাবু থিবদা মোইরাং লমদম থুংখরে

উপ্‌ল উনা লোংলয়েং লোংলা উনা উপ্‌ল য়েংখরে।
পারী পুরী হাকতক্‌তে চৎনবী নিয়ম তুংইন্না
লমজা হায়বা অদুদি থাঙ্গরাকপা ওইরমলে ।
মশা য়ানা মখোঙথোং ঙক্কী ঈবু থুমখোংতা
থুমখোং ইরোঙ মাপল ফাং তন্না পেরে থুমহি কাপলে
ইরৈবাক্কী পোৎথোক্লা প্রজা পুম্বা পেনখ্রে ।
লৈবাক ইরাং নেমলবাকাল হাওবা মাবু থিরুরে
লোকতাক খ্যোংনুংদা ফংদরে থাংজীংনা লমজা লোৎখরে ।
ঙসিগী মথং হয়েং ঙসি হৌখ্রে ঙরাং কৌ
হৌখ্রি ঋতু, লাকলি ঋতু অমগী মথং অমা ।
মপু মাগী তুংইন্না চৎলি কয়া কয়া তৎতনা
লাইজ থন্না লৈরম্বা পুখ্রি থম্বাল লৈরাং শাৎলম্বা
কংলকই নোংমা চাওরবা পুখ্রি লৈনা কেল্লি শাৎলম্বা ।
অহিং তাংলৌ থেংলবা ইচিক হুনবা নোংমগী
নিংথৌ কোনুং চিকলবা নিঙোল কাদা নুজা 'মা য়াতারি।
নিংথৌ যুবরাজ অনীগী নাইতোম পোকপী মমোমনি
য়েক্লা তিঙখং লৈতনা মপায় সেবা ফংজরি ।
অহিং হায়বা অসিদি জগৎ শুম্বী ময়ানি
পারী মমোম নুংশিবা সন্তান প্রেমবু কাওহল্লি ।
কায়না মৈচাক্লা ব্রারবী প্রেমিক প্রেমিকা অনীসু
মাইবনা খুৎপু শেল্লীবা অয়ো নাহেরিবসু,

খদাং চোক্লা লাওরিবা রাজনীতিগী নেতাসু
কারখানাগী মৈনাক্তা নুংথং খুৎতা পায়রিবসু
ঙাইহাক পুঙ্গোই পোথানে নিদ্রা মাগী তমপাকতা ।
তাংলৌ লৈনা থেংলবা ইচিক হুনবা অহিংসিদা
কোনুনা তুমখুল তাম্লিঙৈ মঙলান চাদা মানজ'মা-
"খুয়োল ঙৌবী মশোয়বুংদা নুরা নগুং লাংগীদমক
য়াইবী মাঙগদৌরেনে থম্বাল শক্তম উদনা,
য়াইফকোন্দা পোক্তুনা অচৌকোন্দা চাওদুনা
ইনেমচা কাওরবোই লাইর লমজানী খন্দুনা ।
নুরা নংগী ৱাখলদা চারে থকলে ফুম্বংলে
পাখঙ ঐবু কল্লুরাও মীগী মচাদি প্রান নোংদম ওইরিবী ।
মঙলান থৌদোক ৱাখলদা কোনু খাঙবা ঙমখিদে
ঙসি ফাওবগা তাংলৌদা পাখঙ কনাগী ৱাখলদে ।
অচৌ কোন্দা পোকতুনা য়াইফ কোন্দা লৈদুনা
শেৎলে চারে মনিংতম ঙাংলে শকলে মখা তৌনা,
কনাগী মৈচাক নুংদা থম নুংশি মশক খঙখিদে ।
তাংলৌ মানা ময়ৌরক যৌবন ঋতুদি খঙহৌদে ।
নোংদম বিধী কর্তানা খুর্জ্জে খোৎখি তুংইন্না
শিল্লিবোইদো অসুম তৌ মীগী তুংদা লেপ্তুনা ।
পোংনু মনাই অচানবী কোনু ৱাখল তেংবাংবী
তমথোকলগা নুঙাইবা নুংশি ৱারী লিরুবী ।

ইঙক ঙকই অচানবী অমুক ফাওবা তাখিদ্রি
খুৎথারবা অনাবা পান্দমগুমলে কোনুদি ।
খুয়োল ঙৌবী মশোয়বুং তাখিদরি লমদমদো
মপু মনাই ব্রাতানৈ সেগা মাইগা পাওহংনৈ ।
মংলান পাখঙ থিনবা সনা বুথি তৌরকই
পন্থৌ চরন খাদুদা কোনু মপাও তমলকই ।
কেগে লৈমরোন তরেৎনা তরা চাকপু চান্নগনি
লৈরা লেমলৈ চানিংদে লোক্তাক লেমলৈ তানগনি ।
শগোল তোংদুনা পাওজেললে লোক্তাক পাখঙ তাখিদ্রে
হঙ্গেল তাইখাং নমদা পো তরা চয়োম খুৎনা পায়রে ।
মঙলান চাগী লোয়য়ুম্বা মাইগৈ তমলি মানজা নাক্তা
শাবী-শানৌশিংনা পন্থৌ সঙ্গাই লৈরিঙে তাঞ্জা
মনিং তম্বগী ব্রাখলনে চানিংবতা চা শেৎনিংবদা শেৎ,
পুল্লরেদো ঐঙোন্দা ব্রাখল মপৈ মপৈনা
লোক্তাক ঈয়ায় নামীবা নুরাগী শাইনোল মতাফা
হুমলরেনে ইরাংতৌ লকনরিয়ে শানৌশিংদা ।
খুমু নৌখপ তোইন তোই মাইগৈ খঙদ হিহোল্লি
লাইনা থারকপা পাওথানি থুংলুদবদি ময়াদ্রি ।
মতারোইদি কায়নরে অমনা অমদা ইনচিংলি
পোংনু কোনু অনীদি মালং খোংচৎ তুংইল্লি ।
মালং খোংচৎ অসুমলাক খুয়োল চীংগী নাক্তা য়ৌ

করি খঙদা ইনচিংলি নোক্লা খেনা হরাওনা য়ৌ ।
হঙ্গেল তাইখাং তেকখরে মপু মনাই নুংবংলে
কোয়ন কোয়না য়েংবদা তম্বা কনা উদরে ।
অথাপ্পদি লমদমদা হুমদং খাংপোক উরকলে
মখোল তাদে কনাগী মপু মনাই ব্রাবনা থেংলে ।
কোয়ন-কোয়না য়েংই অহাংবদা লাওরকখি-
"কনাগুম্বা পাখঙও পাঙ্গল শোনবী ননাইগী,
হঙ্গেল তাইখাং তেকখরে তেংবাংবীয়ু ইবুংঙো
ননাইনা কৌবা তানা-তানা খুম্বীদ্রবা ইবুংঙো,
নুজাগী নিঙবা থুগায়বীরৈ নিঙোল পাপপু পুবীয়ু ।
নিঙোলবু তেংবাংবীরবদি নুরানা ননাই ওইজনি
থম্বাল অমৃত খোম্থাং হাওবা তন্না হেকপু তাই
অহানবগী খোম্থাং হন্না তাই হান্নগীগুম মমান্নে ।
হাদা থম্বাল নুংশিবী নুরা নতেং পাংগেদি খন
মল্ল' চরৈ শেগায়রে লোইদাম কুইনা লোৎপনা ।
নুরা উন্নবা য়াররোই নোংদম্বনা তমলমদ্রে
নুজা শাপসু কিজৈ পল্থৌ য়াথংসু কাইনিংদে ।
মালং শউম অকনবা মানজা মপাও তমলকই
পোংনু, কোনু তংবু তাই মফম খঙদ হরাওই ।
ইল্লী চরৈ য়ুংন খাই কোনুনা খাংপোকতা হুনখরে
হাওবা মশক উবদা কোনু ইরাকনখরে ।

নুরা পাখঙ অনিদো মংলান থৌদোক পাওদমনৈ ।
নুরাগী ৱাহৈ তনৌবী কেথ-নৌথ ৱাবু ঙাং
খজায় লেংওন তন্নচুপ নুংশি লংজিল কাঙখিদো
কোরৌনা চীংয়া চীংখোংতম মালেম খায়না বিদায় পী
কোনুনা হাওবা থাদুনা ময়ুম লমদম পাং'ঙমদ্রী ।
ঙানু থঙ্গোং পরেংনা পাইরি মহুম লমদম য়েং
শানৌ ওইবীশিংদুনা শিন্থুরি পীরাং মশাবী ৱাখলদা ।
ইনুংতৈনা ঙাল্লগা ক্বাক্কী লানবাও মাং
পন্থৌ ৱাকয়ৈ অমনবা ইরোলনুংদৈ পুখৎলি ।
হিবু তোংনা লাকপনা কবো পদাংখো'চাবুশা
হুইনীংশুম্বৈ মরানয়াই তরা চাখোং থিবশা,
চঙলকইদো হাওবনা য়াইথিং কোনু নাকতুদা ।
নুরা শক্তি লৈবীনি তৌগে নিংবা মনিংনি
মদুগীসু মথক্তা থাংজিং চিরোন ৱাচৎনি ।
নুরাগী নাইতোম ইয়োংশঙ থমলি লুবাকনুংদা চরৈথম
ঙসি হয়েং হৌখরি চৎখ্রি পুন্সি লেপ্পা লৈতে
পা-গা-পীগা তিন্নবা তিন্না মরুপ মীংগৌ হোং
কুমারী কোলোয় হোংখরে হাওবা শাগৈদা তিনখ্রে ।
ফনা পুকচেল চমসনু সাধু সন্ন্যাসীসু ওইসনু
তানজানবু ফংলবা ঐগী ওইবা নিয়মনি
কোনুন সেবা ফংখরে হাওবা মখোং চামখরে ।

☆☆☆☆☆

নোংমা কোরৌ নুমিত্তা কুমগী মতম ওইবনা
চিঙউ মাগীদমক্তা তোবর্বুং শা তানবা লেঙলকলে
মনাই মশল কয়ানে খাম্বী মৈবু থারকলে ।
খাম্বা য়াদা মৈরীনা লোক্তাক লান্না খুমন পাং
শাওরবা খুমন তন্না লাক শাপোৎ লানপোৎ মোইরাংপা
অঙম্বা অনী থেংনরে চাইনরেদো তোবর্বুং মাং ।
হোংনেম শুম্বা মায়থিরে খুমন্না জয়বু ওইরেদো
য়াইথিং কোনু কৎলগা য়াইবী থব্রাই কললেদো ।
থম্মোয় শোকপা ব্রাহেসে কোনুগী নাপদা য়ৌখরে
কপ্পনা নোংগুম খোংখরে ব্রাখল পনখৈ লানখরে ।
মমা তরামাথোইনা মতারোইদি কোঙ্গাইনা
অহিং নুংথিল অনীদা থেম্বা কৌবা য়াখিদ্রে ।
থম্বাল মানবী কোনুদি কম্বী থক্তা লেমলৈ হাপ
খাম্বী মৈবু ইনশিনবা পাংখক ওইরে সনাহল ।
নুপী ওইবগী মপোকসে মমা মপায় মপোৎনী
থাজ তরা নাওপুনা খোমলাং আমৃত ইনবনী ।
মখোয় য়াথং ইনবনা নুরাশিংগী শিস্থানি
কায়নবনা শিস্থা ওইরবা নিঙোল ওইবী পুঙ্গিনি ।
পম্বৌ য়াথংশু ইলনিংই থংলেন সেবাসু কায়নিংদে
মতাংনদি য়ারকতা কোনু ব্রাবু ফোংলকলে ।
"নোংমা কৌরৌ অঙনবা কবো পদাংখোং 'চাবু শা

লাকলম্বদি পাখণ্ডদো নচাগী লৈরাং কৎখরে,
হৈরাং মমি তমখরে মাগী গোত্রদা তিনখরে”
ব্রাহৈসিবু তাবদা পলেম থম্মোয় কায়খরে ।
য়াদা মতাং থোকপনা পম্বৌ মাংদা থোরকলে
পারী-পুরী হংলকপা খুয়োন হাওবা মীপায়রে ।
“ইপা ইবুঙো অঙম্বা খুয়োল হাওবা ইমিংনি
খুম্বৌলেম্বা পম্বৌনী খুম্বৌলেম্বীনা পলেমনি
সনা য়েৎথাং থৌগল তৌ লৈরমই হায় ইচেমনা ।
হাওবা মপাও তাবদা হোংনেমশুম্বা পিরাংশিন
নিংশিংলকই হৌখিবা মপা ইতাও চান্নবা ।
থেমল ব্রাহে কোঙ্গাইনা মপারিদা হায়রকই-
“ইপাগী ইবুঙো ঙসিদি ভিক্ষা অমা নিগেকো
পাখণ্ড নংবু খণ্ডবনা ইপানা ব্রাহে কারল তোইখিবা
ব্রারৌগনু লাইরবা অঙম্বা মাগী মচাও ।”
“ইপা ইবুঙো নচাদা তাকপীয়ুনে অনিংবা
অঙম্বা থৌদাং পাংথোককে সনা য়াথং অচেৎপা ।
পাম্বোম তিংনা মায়রোংয়া চরন্দা ননাইনা কৎচগে ।”
“ইমোম লাংলেন ইচাসে নংগী লৈরাং ওইরবা
থাবুম খরদংদদি খুমন নাকতা থমলুবা
পাখণ্ড করি হায়বগে পারি য়াব্রা তমলোগবা ।
য়াব্রাসিবু তাবদা নুরা ইনেমচাদি

লৈমায়থক্তা ব্রাম্বরে জ্ঞানবু মাংলে ঙাইহাক্তি।
“শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী নুরা নংবু তাবরা
নহালমুক্কী মপোকতা পলেম পম্বৌ মীরাইরকপনা,
হন্দক্কী জন্ম অসিদা লমজা ওইরে ঐহাকতী
নুরা ইনেমচা নংবু পম্বৌগী য়াব্রাসিদদি ঙাকসী ।
মখোয় য়াথং ইনবনা নশিলথানী চান্নবী
লমজা ইহাকথক্কীদমক মোইরাং ব্রাথোকনরবদি
পাখং হাংপা পাপ্পু-পু শানৌ চিন্তা লৈরবদি ।
লৈরাং লৈমন ওইরে নিংদুনা কাওথোকপা নত্তে সনাহল
লেংবা য়াদা খুদমসু নুজা নকাদা পিরেদো ।
নুপী ওইবগী মপোকতি মমা মপাই মপোৎনী
পিগে ঙমই পিরোই মনীং লমলানবনি ঐহাক্লা ।
নুংশিবনা ঙাইবদি কায়নবা কায়নবনা পম্বুংনি
নিঙোল পুন্সি হায়বসি কায়নবনা শিম্বানি ।
থব্রাই হকচাং কাওনবা য়াইবী মীরেন শামলবা
মতমদুদা কাওগদ্রা ইরাল নত্তে মদুদি,
চৎনবীনি কায়নবা উদরগা খায়নবা
উন্নরগা চান্নবা নিংশিংলগা চাক্লবা।
থম্মোয় মাগী মথৌনি অকাও নিংশিংনবদি
অদুনা, নুরা য়াইথিংকোনু পাখণ্ড য়াব্রা তুংইল্লু ।
নুরা মানা ময়াদ্রবদা পাখণ্ড ব্রাবা থেংপ্রে

চাও থকউ য়াখিদ্রে কপতুনতা মরৈখ্রে।
হাওবা মাসু মিপায়রে পঙ্গৌ কাদসু ৱাশকলু
নুংশি প্রেম্নসু কনশিল্লক ওইরে মরু ফুকল তরুগুম ।
মনাই পোংনু য়েংদুনা নুরানা মপাও তমলকই-
"ইতা ইবেম্মা য়েংউনে সন্ধ্যা আতী মতমসে
লোক্তাক পাৎকী পাৎয়াইদা ঙানু থঙ্গোং পরেংসে।
ঙানু থঙ্গোংলক্তগী কনাগুম্বী ঐগুম্বী
অহিং অমা মশাবী কায়নবগীদমক কপলিবসে অচানবী ।
হৈরাং হৈমুন ফারব কাল তেনৱা কৌবা চেক্লোনা
হৈরাং চিন্দমলিঙৈদা লমহেনবদি অঙাংনা
মখুত্তা নাওরি পায়দুনা ইশাবীগুম্বা অমদা
য়াইবী থৱায় লৌখ্রো করি ওইরিদগে লাইবক থিবীদুনা ।
ইতা ইবেম্মা পোংনু কান্নদ্রবা মপোকসে
নুংশি মানা চান্দ্রবা খোয়ুম মানসু য়েংথিরে ।
হিংলুদুনা কান্নদ্রে থংনা মপোক অমদা
পামু সেবা তৌরগে কান্নদরে ঐদি হিংবা।"
য়াইথিং য়াৱা তাবদা নোংবু খোংলে কপ্পনা
তূম্বা চাবা শেন্নরে থৱাই ৱাখরে হাওবা।
হাওবা কোনু থানদ্রবদি মোইরাং কুম্মৈ য়াররোই নিংদুনা
থাংজীংনা ৱাখল তৌরকলে হাওবগী ৱাখলদা চংদুনা ।
অহিং তাংলৌ থেংলফাও থানদ্রবা হাওবা কোনু অনীনি

ইনুং তৈনা ঙাল্লবদি খুয়োন কাংবু লাকলনি।
হাওবা ইরাল ওইরনি কোনু থাদোক্লগে খল্লদুনা
ফৈরাথক্তা য়াতারিবা মনাই কোনু অরোইবা ওইনা
"তাংলৌ মতম চাবদা কোনু উনরসিকো" হায়রদনা
খজাই লেংওন হন্না চুপ বিদায় পিরমলি হাওবনা ।
মীংতা পীরাং ঈহৌনা স্বর ফুল্লা খোম্থাংনা
"পম্ব্রৌ য়াথং ইলহৌরো কোনু চংলে লমজাদি ।
খুয়োন ঙৌবী মশোয়বুং মানজা লৈরুরগেকো
ঐগী মতম লাক্লগা নুংশি শংবু লৌরগেকো ।

৭ ৭ ৭ ৭ ৭

চহি কুমওল হৌখরে নুজা কোনু উদবা
মরিং হাওবা শাদুনা খুমন পুংদা লাকপনা,
মবুং নত্ত মবুং শা খুমন হোজংদা চংলকলে
তমথিরবা খুমন্না হাওবা য়াইবী লৌগে খল্লকলে।
খঙদবনা অওইশা মনাইনা হায়বা ব্রাবু লৌ
মমৈথংদা হাওবা মবুংনিবু হায় সনা সঙ্গাইদা থমখিদো ।
মাগী লৈরাং ওইখ্রবী মমোম কোলোয় থোল্লকই
"থোইনু হনবী" মীংগৌরে থংনা পারী ইহুনলমই ।
মীগী মপোং ওইখ্রবী কোনু কৌবী নুজাবু
লমলান মীংয়েং চংবদি হাওবা করি ব্রাখলনো ।

হাদা ইতা চান্নবী য়াইথিং কোনু কৌবীও
মীতৈ লকতা পোকলগা থম্বাল লমচৎ হোংলবা-ও।
মীগী লৈরাং ওইরগা লমলান খোয়মু ব্রাখল চংলি
সতী ধর্ম্ম কাওরবোই প্রেমগী ইচেলনা কনখ্রবা।
অঙম্বা ফমথোল লৌরবা চোথে চিংয়া খুমন য়েং
করিগুম্বা চিংনবা অমগী খুমন্না মোইরাং লাকইদো।
খুয়োন ঈশে শকলকলে হাওবা দোলোই ফৈনা তোং
"মেল্লৌ খুৎতপ ফজবী নুরাই চেংলৌ নিংথিবী
চিঙয়াসিদা মালংসি নুরা নংবু চান্নবী।
মীচাপোক্কী নুংশিবী লমলান কাগী চান্নবী
নোংমা কৌবা পুন্সিনা পুন্সি পুঙোই য়ামলবদী
নুরা নংবূ কাওরখিগদ্রা পাখঙ থম্মোয় ইংলখিগদ্রা
শকনখিবা শরিগী তাংলৌ ওইরে নিংশিংদ্রা।
খুয়োন লাইর লমজানী য়াইথিং নংনা খন্দুনা
মিংকী পিসি উদ্রবা চান্নবী নংনা কাওদুনা।
লমদম তাম্না পাইথ্রবী চেক্লা নংবু চান্নবী
কাওরগে খল্লবোই অচৌ কোন্দা ওংদুনা।
খুমন নোংবান থুংলরে শৈশকশিবু তাখরে
শাওবনা লুতোন কাখিদো তন্না খৎনবা হৌখরে।
খুৎতা পায়বা শাজৈনা হাওবদা কারল লাকলকলে
হাওবা শাওবনা লুতোন কা খুৎতগী তোংজৈনা কল্লকলে।

লেংগ লেংগ থৈনরে পাম্বোম পাম্বোম ঙান্নরে
থরো কাংদ্রুম ওন্নরে মনাই ময়াম মীপায়রে।
অহল ওইর খুমনদো পাঙ্গল শকতী হল্লকলে
নোল্লুকপদি ৱাহৈনা য়াইবী থৱাই নিরকলে ।
তাংলৌদুদা হাওবনা থাইনগী কোনু নিরকলে
থম্মোয় লৈরাং অমনবী থাইনগী লৈরাং নিরকলে ।
খুমন য়ুমদা য়ৌখরে মনাই ময়াম পাওদমনা
হৌখি তাংলৌ অমদা মরিং হাওবা শাদুনা
ইশাইকোন্দা লাকখিবা লৈরাং থুপচান্নরম্বা
পারি ইমোম অনীমক মাগী লৈরাং ওইরম্বা,
লৌনম চাওবী চনুও থাজ কৌবা লৈতেদা
চেৎনা চান্না থমলসু লৈরাং মফোন থোকইদা ।
কাওবা শকতম উবদা মনাই কোনু মোমোন নোক
নুংশি ৱাহৈনা থেমলকলে খুমন ৱাখল লৈতাগ্রে ।
কনাগুম্বা নিপানা ফনা শাওনা লাকসনু
নুরাই আমৃত ৱাহৈনা লাইনা লানগোয় চনঙমই ।
অহিং তাংলৌ থেংজিল্লক হিঙম্বা শাওবনা মৈগুমগ্রে
তন্না কোনু তালকলে ফজবা ৱাহৈনা থেমলকলে ।
"ইবেম্মা কোনু হৌগৎলু নাপাম খাম্বী মৈকল্লু
খুয়োন ময়ুম চাকহৌরে নপায় সঙ্গাই তুমহৌরে
তাংলৌ লৈনা থেংলবদি মোইরাং লমদম উররোই।

ফজবা ব্রাহে কোঙ্গাই অথি ব্রাহে খিবিকনা
কোনু তন্না তাল্লকলে ।
নাওরৈ খুত্তা পায়দুনা লোকতাক ঈপাক লাল্লকলে।
তন্না-মোইরাং পাংলকলে,
মপায় চাইগোলদা থুংলরে ব্রাহে পুন্বা পাওদমলে।
নুপী কৌবী অসিদি মপামগী ব্রাবু পনবদি
অহিং নুংথিল খায়দনা তানজা ফংবগা মচৎলি।
খুমন থৌদোক তমলকলে, পলেম মমানা থারকলে
সোমদা খুমন্না চংহনদ্রে নুজা ব্রাবদা তারকলে ।
পারী কপ্লা থকনবা আমৃত খোমলাং থনমলে
পাংখোকলাদা হাপ্তুনা সুম্বল নুংদা থনমলে !
পারি মমোম অনীবু পিরাং শিন্না খায়নরে
শমান্নবী মতারোই থংনবীদা শিন্নরমলে ।
পিকল মচিল মোপ্পানা খুমন চৈরাক খাংলকলে
সনজেল সনঙাক চংহল্লী চাবদা মবুক থলহলদে ।
থোইনু পাঙ্গল হাপচিল্লী কাওবৈ চৈরাক খাংলকই
খুমনগী য়ামল ষণয়ামদো লাইনা থোইনু শেনঙমই ।
অঙাং ওইবৈ হৌনবা ষণয়ামশিংদু ঙন্না হোইগৎচৈ
ঙল্লী হায়দনা মচৈবী থেংলবসু অদুম মফুবী ।
কায়নথংদা থোইনু ব্রাখল তৌরকলে মোইরাং তম্না চেন্নীংলে
খুমন নাক্তা লৈনিংদ্রে পলেম নাক্তা চৎলগে খল্লকলে ।

নোংমা কোরৌ অঙনবা হাওদিগোন মৌপ্পা নমদা পো
মোইরাং লমদম পাংলকই পলেম লমদম য়েংলকই ।
পিকল অঙাং অনীদো পলেম লমদম খঙজদে
কাওবনা তুংদা তাল্লকই কিনা লোন্না চেনজৈয়ে ।
অমদা অমুক হং অমনা অমুক তাক মোইরাং লমদম য়ৌরকএ
মীখোল অমা তাবদা কাওবা ওইরবোই মনিংএ ।
তাংলৌ মানা চাবসু অঙম্বা ফমথোন লৌরবা
হাওবা পম্লৌ মপাসু তেশরা রাখোং শোমলুবদগী হল্লকপা,
মীয়াম মীখোল তাবদা অঙাং অনী লোৎখরে
অথাপ্পদি লমদমদগী থৌদোকতুবু ভিখরে ।
মপু মনাই ময়াম্না অঙাং অনীদু থিবদা
পাংখোকলা 'লকতগী পুথোরকলে,
পারী পুরি হংবদা ময়াম্না
পারী মমোম ওইরম্বা অঙম্বা থাংবা ঙমখিদে
নোংবু খোংনা কপখিদো চেংনা থাগোলনা পুখরে ।
মল্লা লৈরাং ওইরবী কোনু কৌবী নুজানা
পারী মমোম অনীবু ইখঙ খঙদনা উরকপা
ঙকই ঙকই কোনুনা অঙাং'নিদু ফংবদা ।
মপু মনাই অনীনা পারী মমোম থাগোলনা
নুঙাই পন্দোম পানজখি অরোইবা পুন্সি মতমফাও।

*লোইরবা*